কোংজবা :— মোইরাংথেম মনিহার



অহানবা [illegible] সেপ্টেম্বর ১৯৭৬
কোপী ৬[illegible]



মথুম য়েকপা :— [illegible]ম ইরাং[illegible] লুখোয় সিংহ
মথুম শাবা :— এনঃ মঙ্গী সিংহ

মমল :— লুপা ২.৫০

নম্কম — ডি মণিপুর কোঃ ওপ পব্লিশিং সোসাইটি লিমিটেড, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱারোল খরা

শ্রীমোইরাংথেম মনিহারনা ইবা "মীনম্বগী থম্মোয়" হায়বা শৈরেং ২৮ গী ওইবা লাইরিক অসি পারে। লেখক অসি মাংগীস্থু খল্লুদবা, তুংগীস্থু থোইনা খন্দনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা ৱাফমদা পুক্নিং চংগনবা মীতা ওইনা উই।

শ্রীমনিহার য়াম্না নৌরিবা মণিপুরী লেখকনি অদুনা ৱাখলস্থু নৌবা মশানা তাবনি, চহি মতাং অসিদা ইরকপা শৈরেংশিং মতিকতুম চামললবনি, মীয়াম্না ফজনা হায়নবা থিনা হায়নবা কবিগু নাচুংগদবা মীতা নত্তে, ঐগী হায়ববু ময়ামদা লাপ্তোকচরিবা অসিনি হায়না খল্লহুনা লাপ্তোকলবনি মাগী "মীনম্বগী থম্মোয়"। উরুবা তারুবা খবহু পুকচেল তিংনা অমদি শেংনা তমথোকনিংই। মাগী কবিতা খরদি খল্লবা ৱাহৈ ৱাতাদা ফজনা ই। বাঁশী, হিংজগে ঐস্থু নংতগী মঙালদা, মীনম্বা, মল্লবা অসিনচিংবা।

অস্থুম্না লেখক অসিনা মশাগী ওইবা ৱাখল কয়া সমাজদা তমনিংলি। তশেংবদি শ্রীমনিহার মণিপুর সাহিত্যগী সেবারী ওইনা চোংথোকচরকলবা মীশক অমনি।

পি. কোকঙাং সিংহ
ইডিটর, মীৎয়েং

তাং ২৮। ৮। ৭৬

# য়াওফম তাকপা

## " মীনম্বনি নংগী থম্মোয় "

ও !' চেক্লাও '!

নদোম তাইবংপাম্বদা,

অথেংবা চিক্লবা অহিংদা —

থম্মোয শোক্লা খোঙহুনা

তাইবংগী অচিকপা থুগাইবদি—

নদোম করি থম্মোয়···

কনানা হুগ্রবগে - ?

কনানা হুগ্রবগে— ??

ও ! চেক্লাও '! নাদোম

পুক্লিংনা খোযদবা মফমদা

শুংতি থুদিং কঙাওনবগা

মীনম্বনি তাইবংপানবা—

পাওথোক্লিব্রা নংনা— ?

নত্রগা— ,

বিদায় ওইবে নদোম

তাইবংগী অথেংবা অহিংদা—

অচিকপা তুমখুল থিহুনা

অচিকপা মফম থুগাইবিব্রা ?

ও ! চেক্লাও '!

থেঙলবা চিকলবা অহিংদা—

থম্মোই শোক্লা খোংবনা
ঐগী থম্মোইদি নংনা হুপ্রে।
সমুদ্রা তোর্ব্বান্দুদা খোঙ্গোইনা—
শোংলবা তমথিরবা জঙ্গলচুদা
ইদোম তুমিন চৎ
চেপ্পা লোংনা চংতনা
নদোম য়েংলিনে থিরিনে।
লোৎপ্রে খোঞ্জেল মদোম
শিৎথিদরে নোংলৈ-মুংশিৎ
সমুদ্রগী হিংচাবা হিংচাবা
লোৎখ্রে অম্বদা ? অম্বদা।
তাইবংপানবদা— ,
অথেঙবা চিক্লবা অহিংদা—
মদোম তুমিন নাথৈচুনা—
খোঞ্জেলগী ৱাংমা লানথ্রবদা,
নিঙমহৌদ্রবা ঐগী থম্মোইদি —
য়েকহৌরবা মচু মচুনা শংলবা
মীনস্বনি চেক্লাগী থম্মোই
মীনস্বনি মাগী থম্মোই।

---

# " নিংতম্বা জরান্ "

ইবৈবাকী জরানশা,
নিংতম্বা ইরৈবাকী থবক শুবদা
করিগী নিংহম্বরি জরানশা ।
পোৎথারগন্থু মীকুপ 'মা ফাওবা
পোৎথারগন্থু মীকুপ 'মা ফাওবা ।
মাইথিরবদা মফম খুদিংদা লম্মুক্লরগনি
অরেম্বনি ইকায় শঙ্গোয় মীতাক্লরগনি ।
লাক্লো জরান্
শুরো থবক
লোৎলগন্থু পুক্লিংগী অপাম্বা,
চংশিল্লু মাং থানা ।
চোংঙু কাল্লু নংস্থু
অশেংবা অমাংবা থায়দনা,
ফংগনি নংনা নিংতম্বা
তাইবংসে ইফ ফজনা,
শুমহৎকনি নংগী থম্মোয়
শুমহৎকনি নংগী থম্মোয ।
জয় জরান্
জয় জরান্
ঙক্লন্থু জরান্
কিরন্থু জরান্
নিংতম্বা ইরৈবাকী

অমম্বা কাচিন্দা—
মচু মচুগী—
অরংবা মঙাল থোক্লিবসে
থৌনা ফবা নিংতম্বা
জরানগী খুদোলনি।
নিংহন্নরগন্নু নিংতম্বা জরানশা
কৎলরো— ,
পুক্লিং তকচাং থৌনা
নিংতম্বা ইরৈবাক্কী লৈকোন্দা
জয জরান্
জয জরান্।
থৌনা ফবা জরাননা
কথোকখ্রবদা ঈ মরিক মরিক্লা
চোংলক্লবদা মনা পুংবা কেতুকীনা
পোম্লবা শাৎলবা
অথোৎপা লৈনা
অথুম্বা নুংশিবা
মনম পুবক্লবা
নিংতম্বা ইবৈবাক্কী লৈকোন্দা
জয জরান্,
জয় জরান্ ।।

---

# " পাইরক্লো খোইবু "

পাইরক্লিবসে খোইবুলি
শাংলিবসিনা লৈরাংলি,
খোইবু শগু পাইশিনখ্রে
লৈরাংগী লৈকোন্দা খোইবু।
হায়না হুমলা নোকলিবসে লৈরাংনা
ভুরাং-ভুরাং খোইবুনা
থম্মোইগী য়ানি য়ানি
শারমশি তুংশি মন্দির
শেমলমশি নিংথিবা লৈকোল
থারমশি লৈমু উরি-রাম্নি
হেক্তুনা কংশি মন্দিরদা।
পাইরক্লে খোইবু শাংকায়রে লৈরাং
পেমজে লৈরাংদি
খোইবুগী শক্তম উবদা
লৈরাংগা খোইবুগা খুংশন্না
অচিকপদা লাপ্না লাপ্না
ভুরাং-ভুরং খোইবুনা লৈরাংদা
থম্মোয়গী য়ানি য়ানি
শুমহংলে ঐদি—
তুংশি মন্দির উরগা।

শাবী-শানৌ, হম্ম-হনা 'মক
তুরেলগী য়াংমদা চৎলিবসে
খোইমু লৈরাংগী মুংশি মন্দিরবনি ।
য়েঙভু চায়বী—
শুমহৎত্রা নংগী থম্মোই ।
কৎলুশি ঐখোয়মু থম্মোই থম্মোইনা
চামলবা মীৎকী পীরাংনা
লৈ পরেং-পরেং লেংহুনা
খোইমু লৈরাংগী মুংশি মন্দিরদা ।
নিংহয়রগনু নংগী থম্মোই
পাম্বীনা মনা পুং
মপালনা কোইভাং-ভাং
খোইমু লৈরাং নিংভমহৌরোই ।
তোংহৌরশি হিনাওসিদা পুন্না
তোংহৌরসি হিনাওসিদা পুন্না ।
কুইরোই হিহোন অমুক্তনি
কুইরোই হিহোন অমুক্তনি ।
পায়থমালে খোইমু লৈরাংদি 'দোম
লম্মুক্তরবা লৈরাং—
নাপি-শিংনগী কুঞ্জবোন্দা
য়ুরমালে তিঙথং, থুরমালে মিরাং
অমম্বা কাচিন্দা ।

ভাইদ্রি লৈকোন্দা লৈরাংদি—
রাথননা উরু-মোনখাওনা
অরাপ্পদা খোইমুবু হন্না।
মীনম্বরনে লৈরাংগী খোইমুসিবু,
হনত্রে খোইমু, হনত্রে খোইমু
উনা-উনা, লাপ্পা-লাপ্পা।
নিংবা কাইরবা লৈরাংনা
মশাম মনা ইফা-ফা
মতু-মমান ইপোন-পোন
অয়ুকী যেন্দায, অঙবদা
তায়বোক্লি লৈরাং' অরাবা।
লৈরাংগী পুন্সিদি লিক্লানি
মিত্রংগী পুন্সিনি অতাক্লা
খোইমু লৈরাংদি মুংশি মীনোকহন্দ্রবা।
পুন্সি লৈচলস্থ থওহন্দ্রবা
অঙৌবা দোলায়স্থ তোংহন্দ্রবা
লৈস্থ উরি-রাবি
মন্দিরদা কংহন্দ্রবা।

---

# " পাইহৌরো তেরা মকোন "

য়েংলি ঐস্থু আক্লৈবংপান্দা
অরা মুঙাইগী কুমহৈ
পুক্লিং হনা উনগুম।
পাইব্রি পোম্বী চেক্লা অলিনা
অযুক্কী ওঙ্ড্রাঙবা অতিয়াদা
খোংলি নুংশিঙবা হুরনা চীংখুংদা
ময়াবীগুম কাচিন্দা মখোই পোংনা
ঙুরুং ঙুরুং নিললি
চীংয়াদা চীংখুংদা
শাকু ফল্লাবা ঈশিংগী ঈরাওথোলনা।
খঙপ্রেক থওই
মীপাইরবী মোংলৈ-নুংশিং
খঙচোং চোং
খঙশিং শিং
হায়থু ঙাথা—
উনা-রানাদা তম্নরবা।
শোবোং শোরোং
প্রেক প্রেক
প্রোক প্রোক
দম দম

মীকপ মীয়াওথোয়া
পুমনিল নিললি
তাইবংপানবা — ।
নোঙ্মি অতিয়ানদি
মথয়াং লাওনা
মাক্লবা মুংশাগা
হরাও মথেল-মথেল লাংনা ।
মমশিল্লি ইকায়থিবা নোংয়িন্না
পুক্নিং মথুম মরাং লাংতক্লনা
অতিয়াবু থন্না
অমুবা অমুবা।
চুরে নোং
জয় — জয় — জয় ।
তারে লিক্লা
তপ্ — তপ্ — তপ্ ।
শুমহৎলে মলেম লুপ্না
উপাল রাপাল
মায়থোং চোৎনা খিবিক্ল ।
তম্নরি অমুকসু তাইবংপানবা অমুক্লা
উনা-রানাদা পকপা —
অবংবা মঙালদা
মীহৌহল্লি মীপাইহল্লি,
কিহল্লি মীওইবগী পুন্সি

মচু মচুনা ওল্লবা সনাদা।
নোঙ্গিংলুরে ঐদি তুমিন
তাইবংপানবা—
হায়ঙমদে ঙায়ঙমদে য়াজৈ 'দোম।
শোল্লগমু নংগী অয়াবা
মীহৌরুন্নু নংগী লেঙয়বা পলেপকমনি
থুরগনি নহাক
তাইবংপানবা অয়া-অনংগী লাংদা।
চেকশিল্লু মীওইবগী পুন্সি
পক্তিতি থুংশেমগী 'তেংনা
অপুংবা নারক্কী মথক্তা
উচেক্কী মকোনগুম চয়োৎ-হাংবুদা
লৈবিবনি অতুম্মা
চারবনি হৈনরবনি
তুমনিংহুনা তুমগ্রবনি
মীওইবগী পুন্সিদি
নারক্তা শাৎপা তেরা মফোননি।
পাইয়ু তেরা মফোন
নংসু মুংশিৎ মায়গৈ তিন্নবা
থারমউ তেরা পাম্বী
অয়াংবা চীংদোন্দা।
খঙজসনু তাইবংপানবা শিনখুংনা
তেরা পাম্বী হৌরিবা
মীওইবনি। মীওইবা। মীওইবা॥

---

# " মতম "

ঐহাক্না মতমবু কিজৈ
মতমবু উরগন্নু ইকাইজৈ ।
থেঙ্গাইনরবদা মতমবু ঐনা
হকথেংননা মাইয়োক্নহুনা তিন্নরবদা
ঐহাক্না ঐহাক্কী পুন্সিদা
পাঙথোক্লিংবা অপাম্বা পুরক্লবদা
ঐগী পুন্সিগী পাপ্
ইশামক্না কোকহনজৈ ।
মীওইবগী পুন্সিদি থবক্নি
থবক্না মীওইবগী লৈতেংনি,
লম্বেল চংফম খংদে,
অমম্না অশোংবনা কোয়শিল্লি
অযেংবনা তু চুংই
থেংনক্লবতনা মহাক্কি মচুগুমই ।
মহাক্কীম্ন মচু কয়া থোকহন্দুনা
মীওই পুন্সি মচু হোংহন্দুনা
কিরম্বা ইকায়বা উরমদবা
হোংনরগা অচুম্বা পাল্লকই ।
মতমবু মীওইবনা থৌজাল্লগা
মতমবু ইকায় খুম্মনা মীওইবা
লেম্নহৌই পুন্সি তাইবংপান্দা ।

---

# " ঐস্সু ইরৈবাক্কী জন্নাননি "

ঐগী পুন্সি
ইরৈবাক্কী জন্নাননি
ইরৈবাকপু থৌজাঞ্জরি,
ইশামক কখোলিবনি,
পুক্নিংগী অপাম্বনি
লেপথ্রবা ইথৌনি।
কাওবোই ঐস্সু
ইরৈবাক্কী জন্নাননি,
ঐগী পুক্নিংনা
শেওলবা থম্মোয়দা
ইরাংতুনা থমথ্রবা
শেমথ্রবা লৈকোম্নি।
পুন্সিগী ঈথৌনি
ইরৈবাক্কী জন্নাননি
থাথ্রবনি থম্মোইদা
পামজবা লৈ।
লৈখোং শেমজুনা তত্তুনা
লৈপাম্বীগী মউ কংখিদনবা
চাইরি লাইজ খিজ্জুনা
লৈ পাম্বীগী শাংলকপা

বুকুন ইন্দ্রা
ঐগীসু তম্মকপা
চোইজাইনবা লৈশিং
লৈ পরেং লেংলগা
হুকচগে ইমাগী ঊকুশমদা।
পীনবিরো ইমাক্নী বর
য়াইফ থোঙ্গাল লাল্লগে
কাওরোই ঐসু
ইবৈবাক্কী য়েক্লবা।
নিংতম্বা ইবৈবাক্তা
ঐসু ইবৈবাক্কী জরাননি।

---

## " মংলাদা নিঙোল "

ঙসিগী অহিংদা
নিঙোল ঐগী মংলাননি।
ঐসু লৈকোনগী লৈরাংনি,
য়েংলি কনানা ঐবু
অনুতাপনি! অনুতাপনি !!
চংজখি ইতোম'ঙ।
নিঙমত্রবা থম্মোইনা পুক্লিংদা
অনুতাপ অনুতাপ।
পম্মৌগী লৈকোন্দা লেম্লানা
নাচোমও লৈরাংওই পোমজবা
মাংলানদি লৈরাং খঙত্মোদনা
অকনবা নোংলৈ-মুংশিং তিন্নবা
তাওথত্রবা ঈচেল কল্লবা ভুয়েন্দা
লাপ্না লাপ্না অমম্বা কাচিন্দা।
লৈরাং লৈথোং চেৎ-কোন
তরুং মালং শং-শং য়েং
ভাওরবা লৈরাংগী থম্মোইনা
কংলবা কিস্থরবা মউদা তা
হৌরিবা উতাংবী লুক্লা
লুপ্লবা মউদি মনাপুংবা

অশংবা উতাংবী যোলাংখাদা ।
মংলান্দুদা অশি হায়রমদ
লৈরাংগী হকচাং চোকথৈ ।
পাইরে মংলান্দা নিংতম্না
লৈরাংনা অঙৌবা অপাবা
ফিজোন শেং-ইন্ নৌওম
তাম্নবা খোঙ্গেল তম্না
পাইরি লৈরাংনা মকা লাম্না
অঙৌবা লৈচিনগী দোলায়দা ।
পাইথরক্লবা দোলায় তপ্না তপ্না ।
লৈকোনগী নিংথিরবা পুক্নি মপান্দা
পুক্নিংগী ঈহুল খুংশি মীতম্না ।
লেম্লরমই লৈরাং থম্মোইগী রানি
শুকপ্রবসু মমপ্রবসু ভানপ্রবসু
লৈকোনগী লৈরাংনি
থম্মোয়গী রানি ।
ফ্রাং-ফ্রাং পুপ্রিদা ভানা মোংই
খঙপ্রেক খঙই লৈকোনগী লৈরাং
ফুজুংই লৈরাং।
মিংস্না থম্বাল অনি উইশিন্না
নিংবা কায়রবগুম হুংনাংনা
শুমহৎলমই লৈরাংগী পুক্নিং ॥

মমশিল্লমই তাইবং পুম্বা
অমুবা — অমুবা— অমুবা।
শিংক্ষেংনমক্তে নোঙৌল-মুংশিং অম্নাইননা
নোং ও ! থোং খোয়মুত লৈকোন্দা
ঙ্‌াং ঙ্‌াং ঙ্‌াং
নোং ও চুমবা—
জম — জম— জম—
খোয়মুও লৈমাংদা।
মংলান্দুদা লৈমাংগী থম্মোই কডাওনা
পুক্লিং মথুম-মমাং-মমাং তথক্লনা
খোঞ্জেল হৌনা লাওমক্লম্মী —
কুম্বী কালেন থায়দনা
খোয়মু ও ! লৈকোন্দা পাইশিনগ্রগা
লৈমাংগী লৈনমদা পংথবীদবা
তুপীদা লৌনমত্থনা পোৎথবীদবা
লৈমাংশা থম্মোইগী মানি
অরেম্বদা কেল্লমোই লৈকোনগী লৈমাং।
নোংঙাল্লমই য়েনমনা হৌনা খোংলকপা
নিঙোল মংলান মঙকাওনমম্মী
কুক হৌগৎ, নিঙ্গাং ফম্
হুমাং কাং, ভুমং মাল্লংননা
মৈঙাল মুশি মুশিবা মাইয়োক্না

16121



মকোক মরু হায়—
নস্তে! নস্তে!!
খুবাক খুনম তিংথোক ঙক্কু না
চৎশ্রো— চৎশ্রো— হিংচারবা
তম্ময়গম্ম ঐগী মাংদা।
মীপাই চাওরক্রবী নিঙোল ঙকচাননা
মীৎকী পিরাং খুমলবা ইয়াম্না
অঙাওবীগুম মকোক মরু চপ য়ুং
রাখল ঈচেন ইরৈননা
ঙানফুং— ঙানফুং— থক্লবা
অমম্বা কাচিনশী অরংবদা
হায়জরক্লে লিথরক্লে রারেংগুম।
কনানো? য়েংবীরকম্ম কিজৈ
ঐগী থম্মোই অতিয়াদা,
নংনা নোংগুম মংলম্ম
মুংশিবনি ঐবু শোন্দুনা
ইচিক হুনবা মালংবদম্ম
পাওদম্বীরকম্ম ঐবু নহাক্না।
ঐদি নাচোমগু শাৎত্রি
শিঙেলগুম লৈশাৎ তমগ্রবম্ম
পুক্নিংগী অপাম্বা থমথিরোই।
পাম্মু মৈশা মকা লাম

পুক্নিং পেম্না নোকচখিব্রোই।
ইচিক হুনবা মালংবদা
হন্না— হন্না— পাওদম্বীরকপা
ঐগী থম্মোই লৈরাং
লৈথোক শোনবী শিঙ্গারৈগুম
লৈশক লৈস্থ কুমওম্নগদোরে
তম্নরগন্থ ঐবু নহাক্না।
কিজৈ — কিজৈ — কাচিনগী অরংবা
কনানো—! য়েংবীরকন্থ কিজৈ
চে্‌ক — চে্‌ক—, পোনগী চেক্লা খোংলক্কই
নিঙোল মিংলু পিরাং থমখিরম্মী
অরংবা মঙাল মাংখিরম্মী।



# " মীনম্বগী থম্মোই "

তাইবংপানবদা—
মীনোকপা থোইনরিবা সমাজনি ।
কাঙলুপ্ন-কাঙলুপ্না
নম-হা লোনথুপ্নরিবনি ।
তাইবংদা-সমাজ,
পাংদবা মীকিথি, কাঙলুপ্ লৈরিবনি ।
তাইবংপানগী-লৈতেংনি
তাইবংপানগী-চাওখৎপৰ্নি ।
পুক্রেনে মীনম্বনা
হাংতোকলিবসে হুরাম্বনা ।
শোল্লিবসে মপুনা,-নিঙমদনা
য়েংলিবনি থৌনাফবা মী য়াম্না।
মীহৌবশিংনা ইচং থৌনা
মীগী হস্থবা চাওখৎপদা
মীনম্বা লিংজেল থানা,
মতমবু মীনম্না
নোকলিবসে-পাওথোকলিবসে, অরেম্বদা ॥
মশাগী মথৌ মীনম্বা,
তুমহনা মীপোকচাক ওইক্লরগা,
মীগী চাওখৎপা অরুংবদা,

লেম্বরি-পুন্সিন্থমা, লাইশোলগুম শোন্দুনা ।
খঙহৌদে, তাইবং খুংশেম লৈকোন্দা
মীগী খুদোংথিরা, তারা উরগা
মীবু মখোয়না হঞ্জন য়েক্করিবা
অমম্বা-অমম্বা, মীনম্বা-মীনম্বা
ফত্তবা ওইদনা,
লশিংনা বেলুনগুম পাইরিবা,
তাইবংদা সমাজ,
অমম্বা মীনম্বগী লাইরেন,
কল্লক চাওবা নত্রা মীনম্বগী থম্মোই ।
কনামনা, মপুন্সিদা মকোকন শাদনা,
মীগী মকোন্দা তাংহনা,
নিংথমথা, চুপ্পা খাংহনা
কালেনথা, কাকোক মরু কায়
মউন-হুরগা,
থৌনাফবা, ইচংথৌবা, নহাগুম
নিংথিবা তাইবংপান্দা লেপ্পরিবা,
নত্র অমম্বা মীনম্বগী থম্মোই ।।
অমুকস্থ মেংলবা শুক্লবা জঙ্গলদা,
মীনম্বা থম্মোইনা য়ায়রেক্লিংহনা
লৈচিল্লক্তা তরং মালংননা,
শং— শং— হঞ্জন য়েং

অশানা নোমহৌ-নোমহৌ
অকুৎ অতোং অরুংবদা,
ওয়া থোইনা শাগৎচবা নাচোমলক্তা,
ঙানথোইরগনি, মণি মুক্তা-লক্তা ।।
অশানা শাগৎচরিবা, তাইবংপান্দা
পাওথোকসুরবরা কনাদা, মীনম্বগী থম্মোই ।
ঙাইরমলবদি মীনম্বু, শাহিং চাবা কনানা
নিংথিরবা জঙ্গলদুগী, সুমহৎলবা গুরুংদুদা,
কিজদ্রা অরেম্বদা, মীনম্বগী থম্মোই ।।

---

# " অচিকপা "

ঐনা ম্বাং থাহ্নুনা
চংলি, অচিকঁপা থিহ্নুনা
মবুক থল্লবা ঙক্ললদা।
উরি, থেকখোয় থেকখোয়রবা
খোং লম্বী অমা,
চংলুরি ঐস্নু লম্বীহুদা ভুং ইম্না,
থেংনরম্মী ঐগী পুক্লিংগী অচিকপা
উপাল রাপাল লেঙ লেঙ
অশংবা নাপিনা তুমিন চিক্না
পুক্লিং হুরবা পোথাফম অমা।
শুমহৎথি ঐগী পুক্লিং,
ইকায় হংঙোয় য়াননা।
নোক্লি অচিকপনা ঐবু য়েংনা,
শুমহৎলবা মালয়া মুংশিৎনা
লিরি লিরি ঈথককুম হুমহ্নুনা।
তাথি—
ঐগী পুক্লিং হুথ্রবশুম,
অরাপ্পাদা লাপ্না লোকমুংদা,
মুংশিরবা ঈশৈগী সুরদা
ঐবু কৌহ্নুনা তাম্না তাম্না।

ঐগী থম্মোইদি হুঞ্জবা,
অচিকপা থানা মাংপ্রবা,
পুক্লিংগী মীহুন থকৎলিডৈ,
লোৎপ্রবা মালয়া মুংশিৎ।
মাংপ্রে ঐগী অচিকপা পোৎথাফম,
খোংখিদরে মুংশিবা মুরদা ঈশৈ,
থুরে ঐদি মীনম্বগী লাংদা,
কায়নরে ঐদি থাজবা মরুপ,
উনা উনা লাপ্পা লাপ্পা
অচিকপা— ॥
পাইরক্লবা নোংলৈ মুংশিৎ শাথোবা
কোইশিনপ্রবা মায়কৈ মরি, অতিয়া
অমুবা লৈচিল্লা থল্লা।
লোৎপ্রবা তাইবংপান্থ অমম্বা
কদোমদনো ঐগী লম্বী
কিরে ঐদি কিরে
ঙাওরে ঐদি ঙাওরে,
মুক্লবাময়াগী লাংদা
থুরে ঐদি থুরে
অমম্বদা, ........।
পুন্সি চেংলৌ লোৎতুনা
তাইবংপান্দা ইরাৎনগে নিংলুবা

করম্বা খুৎশেমগী বীধিগী নোংদম্বা
করম্বা থা-দনো কদৌঙৈ সুমিৎতনো
নিংবা কায়রবা ঐনা
নোংলৈ সুংশিৎ শাথোবা
লৈচিনও অমুবা অথনবা
অমম্বা জঙ্গলদগী থাপতোক্কদবা।

---

"ধর্ম্ম"

তাইবংপানবা লৈকোন্দা
মীৎতাংববু কন্নানা,
খুংশন্নবা লমজিংলি।
চংনা চৎনা লম্বীদা
মীৎতাংবনা ভুক্লা ভুক্লা
তুংগী লম্বী কয়াম তামহৌরবা
মাংগী লম্বীনা পলেপফম য়ৌগদবা
কয়াম ৱাৎলি—
ঐনা মম্মা মম্মা চৎলি
নহাক্না ঐহাক্না তুংদা মাংদা
লমজিংলিবা নহাক্কী পুবিবা লম্বীদা।
ঐবু নোকহনবীবা মখোয়সু ঐখোয়সু,
সুংতি কে-কু লোৎফম,
কয়াম ৱাৎলি —।
লাপত্রে মরুপ লাপত্রে
উরে, সুংশিৎকুম্না কুংলবা,
মীওইবনি, মীওইবা
অশোংবা জঙ্গল ময়ায়দা।
ৱাকুগনু কিরুগনু মীৎতাংবনি
নহাকসু মীনি, মী
মীওইবগী পুন্সিদি লীলানি

সংসারদি তাইবংপানগী মীত্রংনি।
কৎচরুবা মপুনা শেন্নদি
নহাক্না থেংনরুবা পরুবনি।
মীওইবনা শেন্নদি, অরেম্বা
নহাক্কী থৌজাল ওাইবনি।
কাম্নব্রবা তাইবংপাননি শোন্নুগন্নু,
কংচরুবা মপুনা তাখি উপ্রবা
তাইবংলীলা মানব্রবরা নিংনখিনি।
নহাক্না অমম্বা কোমদা তারবদা ৲
কৎচরুবা মপুনা মীৎতাংবনি
শোন্ন-তান্না চিংখৎপিরবনি।
তাইবংপান লীলা অতম্বনা,
য়াওহন্নবা......... ।
পরুরবা নহাক্তি মীৎতাংবদা, মীৎতাংবা
মালহন্নু মুংশিহন্নু থুমহন্নু
খোইরাগুম খোয়হিগুম থন্না
ধর্ম্মনি নহাক্কী পুন্সিগী ধর্ম্ম।
লৈহৌরগনি মীৎতাংবনা মুৎপ্রবস্থ
তাইবংপানদা —
ধর্ম্মনা নোক্না নোক্না।

# " তাপ্রবদি নহাক্কী মায়থিবনি "

নি শিংলি ওসিস্থ হায়গুম
সহরম্ভগী অপিকপা কাচিন্দা
য়ুম্থুরেনবী হন্থুবী অমা লৈরম্মী
য়ুম্থুরেনবীগী মমৌশিং অমদি
মন্থু লৈরমই ।
সন্ধ্যা য়াচংলক্লগা য়ুম্থুরেনবীনা
মমৌশিং অমস্তুং মন্থুশিংবু চেনশিন্দুনা
ইমুংত্থবু থাজবা মাগী পুক্লিংনা
চেৎনা কোনশিন্দুনা অফ-হুণ্ডাই য়াইফরি ।
উরি মুংতি উরি
হু তি নোংমা মতাং মতম নাইনা
মন্থু-মবেন ফুঙ্গাদা মৈ তিক্লা তিক্লা
মবেন্না মন্থুশিংদা ৱারি লিরিএ ।
মন্থুশিংনা মবেনগী ৱারি তানা তানা
মথম্মোই পেৎনা মপি ইরা চেম্থরি
অওইবনি—
মথম্মোই চাওনা পুক্লিং পেন্না.নোক্লি
মথংদা —
মথক মথা দারিগী অরাংবা মথোন্দুদা
ওইহললি অমোৎপা অথুম্বা থৌনাফবা

তাক্লম্মী অশংবা অথাবা য়েক্লবা।
সুংশিরবা—
মচা-মমৌ মস্থশিংগী মবেনবোক্
নারি নারবা ইকন কন্না নারবা
মুমিৎ মণ্ডানি সুরবা
মণ্ডানি সুবা মুমিৎকী তারমদাই
মমলি মমলি সন্ধ্যা চংলকপা
মবেনবোকী হেনথোই শিংথোই লমহেন্বা
তোম্বা তোম্বা ঙসিদনি ঙসিদা
খোংগ্রাও শেৎ, খোঙউপ তোংহুনা
চাক্ থোংলি থোংনা
চাক্ থোংবা লৌইরবা
চাকখুমস্থ শেম্বা লোইরে।
তোম্বা। লুক হাগদগী থৌরাংবা
মশেম খুৎশেম্ লোইশিল্লি।
মবেম্না—
তোম্বা! তোম্বা!!
তোম্বনা অহানবা চাকখোম লৌথৎহুনা
হুকত্রিঙৈ মবেম্না শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা
তপ্না তপ্না কৌরকপনি—
তোম্বা! —!!
'করি হায়গে ইবেন!'

অগাম্বা পাইখৎলম্বা চাকখোমছু
চাকলুক্তা লংথরম্নগা চেনা পন্দনা
মবেনগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা
তপ্পা হুংজখিবা রাহংনি।
'ইম্নুনা থোংবা চাক এঙ্খাং চানিংই
চাক-এঙ্খাং পুরকউ।'
তোম্বা! —!।
'ইবেন। ঐগী চাক-এঙ্খাং মাংনা থোংবনি
ইবেম্না চাবা-থকপা যৎলম্মোই!
অছুগী ওইবে নিংহননা
তুমিন মবেনগী 'নাক্তা
ঐনা থোংবা চানিং-থকনিংবা
খৌবাংবগী মৈশানি নিংশিংনা
অমাংবা অশেংববু থনজন্না
তোম্বনা লেপ্লি উচুকক্তম।
মবেননা খংবগুম
ইম্নুগী অমাংবদি পুকচেল লেপ্পবগী মংনি
ইম্নুনা থোংবা চাক-এঙ্খাং শেংই,
মম্নুগী চাক-এঙ্খাং তানা তানা
সুংশিবিনা তাকপিবা পাওতাকনি।
মবেনবোক্কী চাকথুম শেমগে পুক্লিং লেপ্প
মমাই ওন্দুনা চাকশওদা চংলকতুনা

হয়াওনা চাকলুক শেমলি।
ঈমানা—
নবেনগী চাকলুক্লা শেমলিবহু
মাগ্নি। তিনকি-লাইকিদবা মওংনি।
নিংশিং নিংশিং হুং অনিগী মরক্তা হা
কয়াদ—!
থাজদে য়ুম্বুরেঙ্বী
হৌপ্রবা মঙানিশুবা মুমিৎনা
তর্কক্লি শুবা মুমিৎকী অয়ুক্তা
য়ুম্বুবেঙ্বীনা সংসারদগী বিদাই লৌরগা
সগরহুগী অপিকপা মোংফমদা।
মদোম চিক্লা তুমিন থুপখিরম্বী।
নৈখিত্ত্রবা মবেনবু নিংশিংনা
তেংথা-নাওই পুক্লিং হুনা
শক্লি শোল্লি মথং মথং।
ইবেম্মা নম্বুবু চানবীরম্বা
নম্বুনা কংনিংলম্বা শেমজবা পুক্লিং
ইবেন্দা কৎখিত্রবা! কৎখিত্রবা!!
মমাই মমিৎ মথুবাক অনিনা
শুরু শুরু নোই তপ্পা তপ্পা
নিঙমদা মৈপ্পিনা চাক্তুনা
নম্বুদি মচেৎ মচেৎ নিংথায়হুনা

ইপাং কনা ক্যাম্নমনা
লম্মুক্রবা ঈয়াইদা ’দোম
পুক্লিং লাইমন ওইজ্বোরে।
অমম্বনি ! অমম্বা !! অমম্বা !!!
মম্মা ! মম্মা ! ’দোমতা
মায়কৈ থঙ্গদনা অমাংবনি অশেংবনি
অমম অঙানববু মুংশিং মায়গৈ
পুক্লিংনা লেপ্ল্লদনা—
অকম্বা নোংলৈ-মুংশিং ’রক্তা
তাওথরবা ঐগী হি
নিংশিংলক্লবদা মওন মওন
কাওডমদ্রবা নিঙমদ্রবদি —
পাংদ্রবা পুক্লিংগী মমিনি
ল্লাথলবু থৌজাল্লু ; নশাবু থাজৌ।
অশোনববু থৌজাল্লু, পুম্নমকপু মুংশিউ
পুকচেল লৌনমহ্নুনা পাম্লুন্নু মীপোৎ
পাইরবদি চেৎনা পাম্নয়ু
তাথ্রবদি নহাক্কী মাইথিবনি।
শোল্লু শোল্লু পুম্নমক ’মতনি
য়ুম্নুরেম্বী মবেনবোক্কী ল্লাম্লিনি ॥

---

# " অসিরা ঐগী মুংঙাইবা পুন্সি "

ইরৈবাক মচারা, ঐদি কাঙাওনা
পুন্সিবু মীকুপ অমতং নিংলুদনা,
ঐগী পুন্সিসে মণিনি লেনম্না
মনিং মমাং খংদবা লমলে ংদা,
পুন্সিগী হিয়াং হিরেননি অতাক্পা
থম্মোইগী চানবীনি, মুংতি চাক্তামিগ্না।
অ'চিকপদা কাইদোংলুরবা ঐগী থৌনা।
পাইরক্লে হায়না শোন্দুনা,
নহাক্কী অরেপ্পনি তাক্লনু
ঐদি নংতবু মুংশিজবা, মুংশিজবা।
থেংথ্রবা, মমথ্রবা,
ওইরবা মাদি, য়ুমগী মো।
হৌথ্রবদা লেনম্না থুমহৎথ্রবা
ঐদি চোকথরবা অনংবা,
চেপথ্রবা রাম্থ্রবা মুংঙাইবা।
ম'ংলানও। ইদোম
থম্মোইগী অরুবা ঈপাক্তা
হিনাও নৌনা কোয়রৈ লৈনা
সুমহৎথ্রবা ঐগী থম্মোই।
তম্নারবা ইকোকথক্তা লেম্না

উনা উনা ওক্লা ওক্লা
ছুনাইরক্লা পনথালম্না
থমোইসুংগী অরুবা ইপাক্লা
শাফু করবা ঈরেম্বা হাক্লিনা
থুমওক্লা।
অচিকপা নৈতে অংক্লনা
ঐগী থম্মোইগী ঈপাক্লা
ওংলি হয়িং শোক্নাক্লীনা
ড্রাং ড্রাং ড্রাং।
থাজদে ঐবু কুম্মানা য়েংলি
মখুৎত্ত মশাও তানা তানা
ঐ খংখিদ্রে ঐ খংখিদে।
চংলি ঐনা হুংতি ওন্তা
নোংমগী চরা মথেন ফংনবা,
ওসিদি নোংমাইজিংনি নিংজিং মাংজিং
মরুম মরুম প্রপ প্রপ
হাথু হাথুনা, ঐদি লমথাংদা
খুদি থিরবা অয়ো ফংনা,
হিকথরবা ঐদি, অচিকপদা লেম্লানা।
ইদোম নোকমি নোমমিনা
উইরুম উইরুম চিবোম্না,
হায়দোক্লি মালংবদা, লোনথোক্লনা।

তামহৌরবা পুন্সিগী শুঙাইবা অশানা,
লেম্নরম্বা অরংবা অঙৌবা ঈপাক্তা
পুক্লিংগী পেনজ্ঞবা হিনা ওহ্নদা তোংহ্না,
ঈপাকথক্তা হি নৌনা কোইরৈ লৈনা
সুমহৎপ্রবা থম্মোই, নৌরেম্না
ঙাওনা ঙাওনা তুজুংনা অরেম্বদা
হঞ্জন হঞ্জন, নিংনা নিংনা,
থেংপ্রবা মতম থেংপ্রবা ॥
ভাইরমঙ্গগনি মথোয়না ঐবু
অরাম্বা থোরাংবা মৈশানা
থোংদা তিংখং য়ুথিবগুম।
অসিরা ঐগী শুংজাইবা পুন্সি।

---

# " কর্ম্মজুক লৈরাংগী লৈকোন্দা "

শাংলিবা ঐহাক্কী লৈকোন্দা
পুক্লিংগী অপাম্বনা লমজিংলিবা
মহাক্না মহাক্না মহাক্না
কনানো কনানো কনানো ।
মুংশিং কুমওল তাইওয়রবা
মহৈ মশিং কুমথাংনরবা
মীৎনা মুংশিবনি লুপ চুনা
তুংগী ইনাৎ কাওথোকপয়গা
চংনবিনি মতমগী পশোৎ
জগোয়ও থেক্না শায়ম্লগা
পুন্সিও ! মথাংদা ! মথাংদা
পনগ্রবা — !!
ঐগী পুক্লিংদি নিংলি
তাইবং পুন্সি লৈকোন্দা
শাংচবা লৈরাং পামেলনা
তাইবংপান লৈকোনবু ফজহললিবা ।
খোইমুও লৈকোন্দা পাইরগা,
লৈয়াংও মকা লাম্না হায় হুম্লগা
লৈকোলও মালি, পুক্লিং পেন্না নোক্লিবা ।
শোল্লী লিয়মী মালিনা লৈকোন্দা,

লৈহিংনা থম্না লৈরাংগা
খোইমুও ভংনা ভংনা
হুংশি চাওনা লৈরাংদা
তোংশ্রবা— ।
নিংবা কায়রবা লৈরাংনা
কালেনগী হুংশিং হুংনা ওন্না খাংনা
লৈরাংও লৈকোন্দা, লৈমন চংহোৌরবা ।
য়েংজনিংস্রে, কর্ম্মজুক লৈকোলগী লৈরাংদা,
লৈহি পাম্না খোইমুনা
অশোংবা নারক ফাওনা
লৈরক কোনশাং শায়থোৌনা,
মহুমদগী উচেক পাইথোকহল্লমলগা
খোইমুও অহাংবা মালেম লান্না
পাইশ্রবা— ।
মতাংনি খোইমুগী ওইদনা পরেং,
চুথংলিবনি খোইমুগী পুন্সিনা ।
ভানলিবনি লৈরাংগী পুন্সিনা ।
লৈরাংও লৈকোন্দা শাংহোৌরবা ।

---

" লাইবক ফজুনা নুঙাইববুদি —
কন্না নোমজুনা নুঙাইবনা ফৈ।"

সুংশিরনা পোংথাকমনি।
চান্নবনা য়াইরেককমনি।

সুমিল্লা কামিল্লা পাঙ্গনবা,
পামজৈ ঐগীসু থম্মোইনা।

অরাপ্পদা উরি—
পীক্লবা লৈশৌশংগুনা
ওয়া চাউরবা লৈপুংনজুনা,
অচৌবা ইমুংগুম লেম্নরিবা।

পামজৈ অঙোবদা মচুশিং
তাঙনজনিংই অরংবদা চুমথাং
পেনজৈ অচিকপদা অশংবা।

উৎচনিংই লীংজেল মান্নবা ইরৈবাক্তা
চামা চামা মখলগা পাম্বীনা
অমুনবা উহৈনা লুক্লা।

পেন্নরবা নিংতম্বা কনাগী থম্মোইদা,
ইরৈবাকী অমুনবা উহৈগী অথুম্বা।

পোকচনিংই তাইবং মীওইনা
সুংশিরবা ইমাগী থুয়াখাদা।

পৃথিবী কৌবা চীংহুমসে
লাইকম তিনকমগী ভুংনকমনি
অচিকপা থানা শুরুংনি।
মুনি ঋষিগী পোলোইফমনি,
ঐখোয় ইমা অমতগী মচানি॥
অরাংবা লাইকম খুদিংমক থুংনা,
খুদোংথিবা কয়া শোক্না মায়োক্লিহুনা,
কৎচনিংই লৈ-স্থ অপাম্বা পুক্লিংনা।
পামজৈ—
ইরৈবাক মচা ঐখোয়না
রেক্না মাইয়োক্লরকপবু নিংশিংহুনা,
ইমাগী তম্পাক্তা পোৎথারবদা,
লেম্নাজনিংই তাইবং পুন্সি লৈকোন্দা।

---

# " লাইরবদি ইনাকখুনবনা কুপশিনবনি "

মনোহোর মন্নুহার লোনদিন্নরক্লবা
পুক্লিং থৌনা শকথংনা,
লায়রবা ইনাকখুনবা, ঈকায় খুম্না ;
থম্মোই থম্মোই নক্লানা,
মুংশি চাকলুক্তি অনি চামিন্না
তংনা থানরকত্রবা, মনোহোর-মন্নুহারনি ॥

ওসিগী অঙনবা অয়ুক্তা,
মনোহোর, লাপ্না থাপ্না লমহাংদা
চংলি, চংলি কদায়দনো মতোমতা ;

ইতাওনি, অথাপ্পদা মতোমতা চংলিবসি,
পরপ পরপ তান্না চেনশিন্দুনা,
ইতাও কদায়দা চংলিবনো ; নতোমতা

ইতাও নহাক ঐনা কুইথি থিরমই
চংমিন্নরুসি, ডিকাজাও মোনচুংহোইদনি ।

এ ; ইনাকখুনবা ডিকাজাও মোনচুংহোইদা ;
ঐদি ইমোৎ মোৎ, ইমন মন
চংনা চংনা চংনা —

খাঁরি শানা শান্না;
থেঙ্গাইনরবা, ডিকাজাও মোনহুংগী থোংঙ্গাল ;

ফিজোলদা য়েং, পুক্লিংদদি নিংই
মল্লবা মোংলবা ঐগী লাইরবনি।
অহনবা ফজবা ইতাওগী ইনাকখুনবনি ।
নিংলুই ঐগী ফিজোলদা,
ইতোমমাতা মীংয়েং লান্নানা।
নোক্লি থম্মোইদদি মকালান্না
ঐম্ মীনি মী— ॥

মীংজিং মাংজিং, খোংথাং শোংথা
ইফোং ফোং, ইঙক ঙক্লা
খোংথাং মান্নাদনা, নোকমি নোকমি
ঈকায় হঙ্গোয়, ইতাও নিংশিং ;
ভায়হৌগৈ হায়ঙমদা, থোঙ্গাল কানশিন
চংশি চংঙমদা, চংলক্লাবা,
ইনাকখুনবা ডিকাজাও মোনহুংগী য়ুমদা ।

লেন্নরমই, মমাই মরাংলবা মুপী অমা,
মফি মরোল ইফাৎ ফাৎ,
মমিৎ মনা ইথক থক,
ফমলি ডিকাজাঁও মাঙ্গোলদা নিঙাইদনা ।

ইচেম্মা য়াম্বুম্বু লৈবিবরা ;
মমিং মনা ইরং লং,
.. .. ; লৈ ইবুংঙো লৈ ;
তনদে মানদে, থরেক থরেক্লনা,
মখুৎনা, চিংশিন লানন্না,
মনোহোর মনুহারদা
থারম্মী অনিগী খেন্নবা ফিদা ;
ফিজোল অমনবা, অনানবা ফিদা।
ফিজোল অমনবা, অমোৎপা খুদা ;
ফমথপ্রবা খুদাদা—
উন্নরম্মী শরুারমই মে নচুংগা।
কাইনরমদ'ই, —
হুন্নবা ডিকাজা ওবু ইকায খুময়ম্লগা ;
পাংলকই য়ুম ; মনোহোর মনুহার,
চৎনা চৎনা লম্বীদা, ইতে তেথনা ॥

মখোয় মখোয়গী হন্থবা মীৎয়েংনা
লায়রববু অমনবনি কুপশিনবা ;
মহাক মখোয়দা তাকপী তম্বীরুরগনা।
অসোনববু হঞ্জন হঞ্জন য়েক্লরিবা ;
কাম্লদ্রবা তাইবংপাননি ঐখোয়না শোল্লুদ্রগা
ঐখোযগী অপাম্বা লম্বী চৎপা, চৎপা
খুদোংচাবা— ?
মনোহোর মনুহার খোঞ্জেল তিংনা ;
পুরিং হকচাং মোম্মোন নোকম্লিনমা ;
তুংগী লম্বী তামহৌরবা? তামহৌরিবা ??

" মুঙাইরিঙৈদদি মী ঙাক্তনি।

কলিদি অমুবতা নৎতে,
কলিগী মচু হেনগৎপদনি,
থবক্লা নহাকী ফংবনি।

পেনজরম্বা মুক্লাবা চিংদোম্বুদা,
পামজবা থম্মোইনা ঙাওরিবৈ,
মুঙাইবা অশানা মুমহৎলিবৈ,
নহাকী থম্মোই, কনানা হুহুনা,
নহাকপু মুমহৎপ্রবা, মুমহৎপ্রবা ॥

মীদা মীগী খুৎশেম্না,
নহাক্লা তরং মলাংগুম ঙাওহুনা,
গুস্তরক্লবা,......
তারবা নহাক, মুক্লবা তিথংগী কোমদা।

লেম্নরম্বা, গুমথৈত্রবা, ফুরা দলান
শকয়েংনজরম্বা হীরা মনিগী মুংশেল,
রৈখায়রবা, কায়রবা মচেৎ মচেৎ
লংথোরক্লবা, পিথোরক্লবা নিশানা,
অমম্বা কাচিনগী নোংজৌবীদা,

চুথরক্লবা, নোংনা জর জর

তিন্নপ্রবা, ঈশিং মক্কাং মকাং
পুখ্রি, পাৎ, লৌখোং, তুয়েন্দা।

ওইবৰা নহাক মীপোকচাক,
কাওথোক্লক্লবা কনানা     ।

য়াবী হৈবা মখোয়স্থু,
নহাক্কী মণিমুক্তাগী মণ্ডালবু য়েংহনা,
চানবীরম্বা নহাকপু তৎতনা;

নহাক্কী দলাম্না নিংথায়রবদা,
শুমহৎপবা মণিমুক্তানা মাংপ্রবদা,
চেনখ্রে মখোয়দো চেনখ্রে,
নঙোন্দগী লাম্না লাম্না।

চৎলি মতোম-মতা, .......
লমহাং তুহাং হঞ্জন কোয়না;
চৎলি, চৎলি চৎলি ..
ইমোৎ মোৎ, ইমন মন,
মশম ইশাং শাং, হিংচাবনি, হিংচাৰা।

মতম্নগা অরংবা মীনম্বা ওইবনা,
নহাক্কা নকশিন্নরম্বস্থু থৈদেকপ্রবা,

কিনরবা ভুকচনরবা, হিংচাবা ;
শিংলমলবা তিন, কনানা।

মীয়ামগী মতৌ, মীংয়েং মরক্তা
লুংতি তার উরক্লগা,
পন্থুংফম লৈত্রবা অচিকপদা,

শোনজৈ তুমিন, মতোমতা।
হংলুনি কনাদা ঐগী লৈফম,
অহাংবা অতিয়াদা, পাইজরীবী পাইজরীবা,
উচেক রায়া কনা মখোয়গুম,
পীরুবা উশাহুদা তেংহূনা,
ঐবু, ঐনা, য়াইরেকলুগবা,

তাইবংপানবা তুরেন্দা, ঈশিংনা
চেস্তরি অনেম্বা থিহুনা,
শাফু কম্না, লৈন্নুং হুৎনা,
ঙংলি নিল্লি, লুম্লবা মখোন্দা ,

অথাক অরাওগুম, অতাবা কনানা,
হংলি থিরি, নাকোইননা তারি ;
য়েংলি কনানা, ঐবু হঞ্জন হঞ্জন,
খারবা মীংয়েঙ্লা তৎতনা ॥

লিরুনি কনাদ ঐগী রারী,
হংলুনি কনাদা ঐগী মাংগ্রবা মণিমুক্তা,
পন্থুংফম নৈত্রবা ঐগী অচিকপা। ।
উরে ওইরমলে অমম্বা তাইবংপান্দা। ,
মচু মচুনা শংলবা তাইবংপানবা ;
অঙৌবা, হঙ্গামপাল অশংবা অঙাংবা অমুবা,
অঙাংবা অমুবা অশংবা হঙ্গামপাল অঙৌবা ।।

---

# " ইরৈবাক্কী জব্বান "

ইরৈবাক ইজাতিগী জব্বান,
ইরৈবাক্কী, কৎথোকখ্রবা ঐখোয়না
য়েক্লবনা লানগোয় চল্লবদা,
কিয়োই ঐখোয়গী থম্মোই
কিয়োই ঐখোয়গী থম্মোই ??

পুন্সিদি অরুবা ঈশিংনি
তিম্নখ্রবদি ঈশিংগী মচুনি,
কনানস্থ হোংবা ঙমলোয়
কনানস্থ হোংবা ঙমলোয় ??

মীওইবগী পুন্সি, মমল নাইত্রবস্থ
চুহনগন্নশি মৈথুগী মচু
চুহনগন্নশি মৈথুগী মচু ??

মীওইবগী পুন্সিবু, য়ারিনহুনা খম্থরুরবদা,
নীঙমদবনা কোল্লগদবা মীওইবগী পুন্সিনি।
পোক্লবদি, নোংমা শোয়দনা শিরগনি,
তুংইনবা মীওইবগী অন্নাবা মুঙাইবা,
থংনা কাওবা মীওইবগী, শিবা—?

পোক্লবনি তাইবংপানবদা পুন্সিবা কয়া,

থেংনগ্রবনি মগাক মথোয় তংতনা,
অরাবা-মুওাইবা কয়ানা লাহৎতুনা,
তুচুংবা লোয়নমলগা, লেপঞ্রবনি লেপঞ্রবা ॥

অমরোমদা খংনা লমৈ চাক্লকপদা,
চেনফম খংদনা, শাহিংচাবা শাশিং,
তাকুরি অমম্বা লোকী শুরুংদা,
মপুন্সি মরেক মহাও থোক্তনা ?

হৌঞনি পুন্সি ; লৈত্রে মতম,
চংশিনসি, য়েরুববু তম্না মায়থিহনসি,
পুন্সি মমল লৌবা পামগগসি,
ইরৈবাকী মচুগুম শকথংবিবা ওইহনসি,
ইরৈবাকী নীংতম ফীরাল পাইহনসি,

জয় ইরৈবাকী জয়
জয় ইরৈবাকী জয়
জয় ইরৈবাকী জয় ?

---

# " ত্রৈখোয়গী ঈশ্বরনি "

তাইওন্নরবা কম্মজুক্কী য়ুমফমদা,
নহাক্না হান্না মুত্তিশিং লাৎতুনা,
মুংতি চুপ্পা ফমত্নুনা,
নহাক্না হান্না হাইনিংলিবা,
নহাকপু উরগা মীওইবা,
লেপত্রে, থবকমুবা লেপত্রবা।

থবক্না মীপান তাংলিবা মীওইবা,
মুদ, নোমদ্রবদি নীংলুম্ন ঈশ্বর,
হনথিনি তাইবংপানবনা নহাকপু,
মীখাপোনবা, পাংদ্রবা পাংদ্রবা॥

থবক হান্না মুত্নুনা,
ফংফম লৌবুক লৌত্নুনা,
খাংবা কল্লু লেপতনা।

অপাম্ববু মায়োক্নত্নুনা মায় পাক্লবদা,
থাজো নশাবু নশানা,
ওইহল্লু ঈশ্বরগী মতেং।

মীওইবগী থবক্তি, মশিং রাৎতে,
মুডাইমনবনা, মৌনবা হেমন্দুনা,

মীওইবগী অপাম্বদি, অসি হায়ঙমদা,
নিংবত্নি,... ..... ..
স্নগদবা থবক্তি অহে,ইননা হুমথ্রবা,
মাংথ্রবা মাংথ্রবা, নিঙমদনা ॥

অবেম্বনি, অমরোমদা শাহিং চাবা শাশিংনা,
লম্বেল পুম্বা থিংলবোইতা নিংহন্নবি।
নাকল অমদনা শিবা কিদবা,
মশাগী থবকপু থাজবনা,
মায়োক্নহ্নবা চোংথবক্তি, অমম্বা লোকসুংদা।

জয় ওইরে জয়, মচুমতগী মচুদা
পুক্নিং ইচং, থৌনা হাপতুনা
মবৈবাকপু থৌজাল্লি, পুন্নমকপু অমতদা নিংই।

অউবনা শোন্নৈ, অতাবনা নিংনৈ,
মহাক্তি মচু খংবা থবক্কী মপুনি।
মীযাম পুন্না সভা হাউসত্তা,
ঙসি, মতম্মু ঈকায খুম্ননা,
স্নবিবা থবক্না ঐথোযগী ঈশ্বরনি,
ইবৈবাক্কী নিংহন্নদ্রবা অথোয়বনি,
থবক্কী অহৌবা, থৌনাগী মচলশিং খাবনা,
স্নমিন্নরি, তম্মীরি, উহল্লি মীয়ামদা ॥

মহাক্না হান্নরা, ঈকায় খুম্নরিগে,
খঙহৌদনা কাচিন্দগী, নোংমৈনা কাপশিল্লই,
মথৌবু লৌনমবনা, ম ' ান্দা ।

ভুথক্রে তপ্পা তপ্পা লৈমায়দা নোম্না,
থল্লাইগা, মীগা খায়নরগদবগুম,
পুন্সিগী মীকুপ অনিদা,
মীয়াম্বু চীং লেম্না য়েংহনা,
লাওরক্লম্মী, তয়াং ভশোন্নবা খোঞ্জেনা ।

থবকপু ঐখোয়না মুংতি মায়োক্লগনি,
থবক্না থাজবা নীংতম্ববু,
কৎথোক্কনি ঐখোয়না, ঈশ্বরবু ঈশ্বরদা ॥

মহাক ভুমিন লৈখিরম্মী,
মমিৎ অনিনা, মুংশিরবা মীয়াম্বু কোনশিল্লম্লগা,
মকোক থাঙ্গৎতুনা মীয়াম্বু,
চান্নরা অমুকতং য়েংলমলগা,
পাইখিরম্মী থল্লাই, মী নীংতম্না
অংনৌবা লৈচিনগী দোলায়দা তোংহনা ॥

কৎথোকলম্মী মীয়াম্না,......
লৈখিত্রবা মাবু ঈকায়খুম্নরা,

পুক্কিং থৌনা লীংজেন মানানা,
খোল্লাও অমতদা হৌনা,
স্থুরিবা থবক্পা ঐখোয়গী ঈশ্বরনি।
স্থুরিবা থবক্পা ঐখোয়গী ঈশ্বরনি।
স্থুরিবা থবক্পা ঐখোয়গী ঈশ্বরনি।

---

# " বীদায়গী মরুপ্তি মংতন্নি "

ঐগী মংলান্দা,
মচু মমেন তরং মালংননা,
পাইরক্লবা পরেং পরেং
নোংঙাল্লক্লরা অয়ুক
য়াচংলক্লবা মুমিদাং ॥

ঐগী পুন্সিসে
তাইবংপানগা খায়নরদবগুম,
মমপ্রে, তাইবংপানসে অমম্বা,
তাদরে মখোলসু তারম্বা,
ঐগী হকচাংসে মৈরানবীগুম
পাইরে,... ... ... ... ।

অরাংবা চীং কয়া লালক্লে,
অমম্বা গুরুংসু ফাওরক্লে,
লৈসু উরি রারীনা,
নিংথিবা দোলায়তুদা তোংতুনা।

তাদা উত্রবা মংদা,
মুমিদাং ওইরিবা হকচাংনা,
পুন্সিসে মৈরানবীগুম,
পাইরে ঐদি পাইরে
ইপাং কনাসু য়াওদনা
অমম্বা তাইবংপানগী ঈপাক্তা

# " খোঙলম্নু চেক্লা "

মুংশিবা খংত্রবা, মীনম্বগী তাইবংপান্দা,
থম্মোই কনবা, লৈরমলোয় নিংছুনা
মুংশিবগী মুরদা খোংলিবা,
হল্লো হল্লো চেক্লাও,
অথাপ্পদা নয়ুম মায়গৈ পাংপ্রো ॥

থম্মোই কনবা, পুকচেল লেপতবনি,
নংগী থুমলবা মুর,
নংগী মেংলবা ফজবা,
তাখি উথ্রবদি, নংবু ফাগে থৌরাংবদা,
শোক্লা শিনরগনি, মীনম্বগী পুন্সি,
শিরগনি নংসু, নিঙমদনা তাইবংপান্দা,
হল্লো হল্লো চেক্লাও,
অথাপ্পদা নয়ুম মায়গৈ পাংপ্রো ॥

অমম অঙান শিন্নবা তাইবংপান্দা,
পুকচেল মকত্রবা, ওইজবা কৎছুনা
মুংশিবগী মুরদা খোংলিবা
চেক্লা নদোম য়েক্লবনা ফাগ্রবা,
য়েংবা ঙমজরোয়, নংগী নতৌ,
হল্লো হল্লো চেক্লাও
অথাপ্পা নয়ুম, মায়গৈ পাংপ্রো ॥

---

# " মংগী শুরুংদা তারুরবা "

অচিকপদা, মতোয়তা ক্রমলিরম্মি ইতাওনি।
চংশিন্দুনা, ইতাও কৈদৌয়মম্বিবনো তুমিন,
খংবগুম তথরুনা ইতাও ঐ, ঐনি।
শুসি দা মং নুঙাইমন্দহুনা নিংশিংলমলিবনি।
তম্মুনে ইতাও নুঙাইতবা মংনি,
ঐবুম্ভু খংহল্লবনিনা ঐঙোন্দা।
তমগে ইতাও, তান্নো মংনি।

মপুকচেল খংদনা লমলানবা নিপাহুনা,
ঐগা চানা, চিন্না তিন্নরম্মী,
চৎমিন্নরম্মী লম্বীহুদা, থুংলে মফমসিদা,
ই রম্মী, মচু মচুগী অঙকপা অরুংবা.
নুংতি নোংমা, তৎতনা অঙকপা হৈনরক্লে,
চামিন-থকমিননা, মিতি ময়ায় কারক্লে।
নোংমদি খঙগৌদনা ঐহাক,
অমম্বা শুরুংদা তারম্মী।

শুরুং মনুংদা ঐবু,
মীয়াম্না কোইশিন্দুনা অরেম্বদা মাইথিহল্লম্মী,
করম তৌরিবনো ঐহাক খঙহোদে,
নোংঙাল্লকপদা... ... ... ...

ঐহাক অগোংবা কাচিন্দা ঙৌরঙ্গী।
উহৌদে ইত্তাওসু ইন্নাঙ্কা কমলমই।
ইতাওনা ঐহক্কী থৌদোকশিংচু চিংনরহনা,
ভাশোন্ননা খোঞ্জেন পিক্কা ঐঙোন্দা,
ভৌবিমল থংদবা মথোয়বু,
ই ভাওনা য়োকপুরবা .. ... .,. ।

অরেম্বনি হৌজিক্কি, অমম্বা গুরুংদা
চেক্কা চা কায়নরবগুম,
নতু নমান ইতেক তেক,
মচি মরুম থুপ্পা, অশোংবা কাচিন্দা
ইতাওগী থম্মোইদি, কম্মানা হল্লনা
অরেম্বদা .. ... ... ... ॥

ইতাওনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা,
হন্না হন্না য়েং,
মমীৎ অনি, কুপ্তনা ঙুংশিনা
মোমোন মোমোন লোক্কা, তপ্পা
ইতাও নিংশিং নিংশিংহনা,
অরেম্বদা হুমাং কাংলমু,
কাওরবরা মীওই পুন্সিগী,
ফজবা মরেক মহাও ॥
থাজসি মীওইবগী থৌরানদি য়েংথিনবনি,
মচিন মনাও মথক মখা থায়দ্রবা,

মীগী অশোয়বা য়েংহুনতা পেপ্পরবা,
পীরগতা হেনজিনজরগতা তিন্নবা মীওইবা,
হুয়ানবদি মপোৎপুম্ব হুয়ানজরবা
চাওখৎপা মীবুম্ব মীনম্বনা য়েক্লবিবা,
মখোয়শিংদো ইতাওনা হঞ্জন হঞ্জন,
মপাদা লম্মুক্লরবা... ... .. ।।

ইতাওনা পুক্লিং হকচাং তিংনা,
ইতাও, মীওইবদি খুদোংথিবনা য়োকপনি
হোৎনসি লেপকংহুসি, হুরিবা ঐখোয়গী থ্‌বক্লা
পুন্সি মরেক মহাও মচু লংহনসি,
থকহনসি, মচু মচুনা মীনম্বগী মমীৎ
ওইহনসি মহুতনা ঐখোয়গী, থৌজাল মীৎয়েংনা,
ঈথক লম্না সমুদ্রা রাংমদা,
হোলহৌরসি ঐখোয়না, পুনিংবা মায়গৈদা ।।

ঐহাকপু ইতাওনা চিংথৎপিহুনা,
শুকুংদগী পুথোক্লম্মী, লাপ্পা
অথাপ্পদগী ইমানা, পাম্বোম অনি তিংনা,
তারাম্না ঐবু কৌরকলম্মী,
ঐহাক মীকপ থোক্লম্মী,
মরূপ অনি চাননা নোকমিন্নরম্মী ।।

# " নিশানা ফত্তবদা থৌই "

ওবাং— ঙুমিদাংদা,
মপুগী ইঙ্খোল চাইগোয়দুং,
থাস্থ লৈচিনস্থ পুন্থম মম্মি।
কয়্-উদা, খোঞ্জেনস্থ ইচিক চিকই।

ঐদি নিশাদা,
ভুরোই ঙামলোয়, তুবোন তুবোন
লৈরি ঐদি, অমম্বা কাচিন্দা।

ঃাক্সি কনা — অমা
ঈথক ঈপোম্না, শাথেক শাত্নম্না
উরগা খৌরাংবা ঈথৌলাংবা, ঈ
শ্রোং শ্রোং প্রেক প্রেক
নকশিলক্লবা, অমম্বদা।

নিশানা তমথিরবা কৈ ..ম,
পুক্লিং হকচাং, রাথল ফুবংনন।
অচুম্বগুম লৌনম চরৈ-চিনফেংনা,
অশাবা ঈবু থংপাম পাম্না,
চোংশিনখ্রবা কৈন. শক্তিদা,
শোক্লরবা লাল, থাংগা খুজিনম্না।

মীৎকুপ নাহুমহৌদে, হুংশিংকুম
চীংলেম্বা শাহুম তোয়রবা নোংশানা,
মশোং মমৈ থেকৎ, খায়বা মীৎয়েংনা,
অতিয়াবু হম্মা, খোল্লা
ঙংলক্লবা . ... . ॥

মাইথিরবা কৈ ,
ঈকায় ফিরুক তুংদা লোৎ,
কৈনি অশোংবদা, লোৎহৌরবা ।।
অমম্বদা লম্ম্ রুরবা শক্তি কণ্ডাওনা,
কৈনি, থম্মোই শোক্লা শোল্লম্লমগা,
চেনখ্রবা . ... .. ... ।

থাজদে-মীনম্বনি,
নিশানা কৈগুম লানজংলুরবা,
অবেম্বনি, ঈকায় শংঙ্গোয় মীতানরুববা
মীনম্বনি ঐগী থম্মোই
মীনম্বনি ঐগী থম্মোই ।।

নিঙমত্রবা ঐগী থম্মোইনা,
নিংশিং নিংশিং থল্লগা,
ঐগী অচিকপা থিহুনা,
ঈকায় তুজুং মীনম্বা,

শজিও, অমম্বুদা অমম্বদা
লালগী, শারক শারক-শারক
তম্বীপ্রবা .. ... ... ।।

শোলহোই ইতোমতা, তরক তরক
ওইরবা ঐদি, মীনম্বগী খম্বোইদা,
নিশাবু মচু মচুনা শংলবা,
অঙৌবদা অঙৌবদা, অমুবা অমুবা ।।

---

# " মী অমতনি "

অঙাং-নারা, ওইরিবা-ওইরিবী
ঐখোয়গী থম্মোই, অরুবা ঈশিংনি ।
মতমগা শক-চু খংনদা,
ঐখোয়গী পুন্সিনা, শাগৎচবা হিনাওদা
লানজংলক্লি, সমুদ্রা— ইরাংমা তম্না ।
উনা-উনা, ভাওরবা নোংলৈ-নুংশিৎকা
ঐখোয়গী হি-গা লানথেংনা, লাপ্না
মায়গৈ খংদনা কাইনরম্খী, লমহাংননা ।।
তাইবংপান্দা, পুন্সি হিদেনমিন্নরবা ঐখোয়না,
য়োকমিন্নরি পুন্সি সমুদ্রদা, পুন্না ।
য়েংমিন্নরি ; শান্নমিনরি— অরাবন্নু ; নুঙাইবন্নু ?
ঐখোয়-মখোয় অমতনি, মী অমতনি ।
তাইবংদা মান্নবা সমাজ,
কাংলুপশিং তোংঙানবতনি, অমতনি
অস্নুম্না অপান্বা হোংলিবনি,
তাইবংপান্দা মীওইবগী লীলানি ।।
তাবগুম শকখংদবা কনানা,
মায়গৈ খংদনা লাওরকই ।
মীওইবদি অথোইবা অথৌবনি ।
রাখলনা ঐখোয়গী, পম্থুংফম মৈরানি,

পুক্লিংনা পাম্লগা, থম্মোইদা পেন্নব্রি
খোঞ্জেলনা মুংশিরগা, নাকোংদা লৈতেংলি
খুৎনা পাইরগা, পুক্লিংনা হরাওই।
ইকাইবদি ঐথোয়গী অকিবনি।
থৌনাফবা কাওদ্রগা ঐথোয়গী নিংতম্বনি।
কল্লকয়িদে মান্নবা সমাজদা, মীরৈবাক্কী অথোয়বা।
ওইরি ঐথোয়গীসু, ইরৈবাক্তা মান্নবা সমাজনি।
ইরৈবাক্কী নিংতম্বা মান্নবা সমাজদা,
ঐথোয়-মী-অমতদা, য়েক্নবা হীংচানগুমসি
অমম্বদা লৌনম্বা মঙলনা, মীনম্নগুমসি
ইরৈবাক্কী মণি, অথোয়বা অথৌবা
থিকম থংদে হঞ্জন তুমথনগুমসি,
হুনকদে মায় ওন্দুনা, পুকচেন্দা লৌনম্নগুমসি,
মচিৎ-মখাক হেনজিন্না লোইনগুমসি,
ঐথোয় মান্নবা সমাজদা, ইরৈবাক মচানি
ইরৈবাক্তা পুন্সি লাইমন ওইদনবা॥

---

# " মল্লবা পুক্রিং "

মীওইবগী পুন্সি ইচেন্দা
কনাগুম্বা শকথঙদবা অমদা
লুমহুনা মাবুতা মাইথিগল্লবদি
মহুতনা কনাগী মরলনি
কনানা মাবুতা শেনহৌরিদগে
অনিগী অচুম্বা কনানো
পুন্সি সিমা নগাক্লা
নিঙশিংগদবা নহাকপুম্নু মাবুম্নু
নঙনা ম বুম্নু য়েংলরোয়দ্রা
অহুম্মা নগাকম্নু থল্লবনি
নহাকম্নু মাগুম্মা মীনম্বনি ।।
ময়াম্মা শোল্লবা য়ারবা
নগাক্লা অহুম্মা তানিংদে
শোল্লগনি নঙবুদি মখোয়না
মীনম্বনি নহাক মীনম্বনি ।।
ওইদবনি অস্তুম্মা নিংবনি ।
মীওইবগী পুক্লিংনা মল্লবদি
নিঙবনি অস্তুম্মা নিঙবনি ।।

---

# " মীনম্বা "

নিংতম্বা, নোংদমম্বা
কম্নাগী নোংদমখোম্না,
ঙংলি কনাগী মনাকোংদা,
অতৎপা অরেপ্পা পম্থুংফম তাক্তনা।
সুমহৎলি মাগী থম্মোই
হুঞ্জন মায়থীবা পীত্তুনা
তাহল্লি, অমম্বদা তুমিন
তাংহল্লি, পুম্নমক্কী মমিৎ
থুমলবা মহাক্কী মীনম্বা,
অরেম্বদা পুন্সি পম্থুংফম,
শকনাইদ্রবা মাগী থম্মোইদা,
লোৎখ্রে মীনম্বদা মীনম্বনা
অমম্বদা-অমম্বদা-অমম্বদা।
হংজে লাওজে কম্নানা
অরাপ্পদা অনকপদা মাবু
অত্তুবু অচুম্বনি তুমিন চিক্লা
মতোমতা হুরাওজে মতোমতা।
রাজে, হংলি লমজাও শোরোক্লা
অতাবা কম্নাগী মমাংদা
মহাক্কী থম্মোই মাবুতা হন্না

---

# " ইদোম কোয়মিন্নে "

ইশাগী ইথৌ, ইশানা থাজদে
কন্নানা হায়রম্বনো, ঐনা থিজিল্লুদে
ইদোম মফমত্তুদা লৈ,
করিমতা খংদে—।
অউবা মফমত্তুদা অত্তুম য়েংই
খঙহৌদে, কন্নানা থুগাইবনো, ঐগী য়েংলিবা
অত্তুমক মীৎলু অনি তুমিন চিক্লা
তরু-তরু, পাংনা-য়েংনা,
নোকহল্লি থম্মোইবু অমুক
ং জুংহল্লি হকচাংদা হঞ্জন
লাংহল্লি পুক্লিং মথুম মরাং, থৌনাফবা
খোয়রাংহল্লি নংঙরোইদবগুম, ফিংনা
নিঙলকই অত্তুম ঐনা,
হংজৈ অমুক থম্মোইদা তুমিন।
লাকনি থম্মোইগী পোত্থাফমদা
লেপলুনি ঙাইহাক চিক্লা,
খোঙলকত্রনে মুংশিবা ঈশৈদা
অয়িংবা মুংশিংকা লোয়ননা
ঐগী থম্মোইগী, অচিকপা মখোংদা।
খোংলক্কে, কন্নানা মুংশিবা ঈশৈ

হুমলক্রে, অইংবা মুংশিং খম্মোইদা তপ্পা।
ইদোম তুমিন পুক্লিং মুংশিবা
চংলে মফম শুংফম খঙ্গনা
অমম-অঙান, শিন থুংনা।
লেপলম্মী সমুদ্র মপান্দা ইদোম,
ফমথরে, চিক্লা হকচিক লাংনা
খম্মোই মোমোন নোক্ল-নোক্ল
সমুদ্রগী জ্বার মপৈ-মপৈ
চাংজো মান্নরবা, মীৎয়েং তন্না
মায়কৈ মরি, মপুং ফাওহুনা
হংলি ইদোম ঐঙোন্দা
লোয়রবরা উরিবা মীৎয়েংনা তামলিবা
চিদায়দা ঈশিংগী চাংজো মান্নরবা
মায়কৈ মরিদা ঐগী মীৎয়েং
উবি, নিংলি হন্না হন্না ইদোম।
লোইদে ঈশিংগী অরেপ্পা নৈতে
উরিবা পুন্নমক ঈশিংগী কোঙ্গোলনি।
অকনবা, নোং — মুংশিংকীসু পোখাফমনি,
ইদোম খম্মোই পেনজহৌই ॥

---

# " হিংজগে ঐস্নু নংতগী নঙালদা "

শাংলু-শাংলম্বা, স্বর্গগী লৈকোন্দা
য়েংগু য়েংগুবদা, অথৌবশিংগা-মায়থোংনি ।
লৈকোন্দা লৈরাং, সুংশিবা মনম য়েল্লরগা
লুপলি, থম্মোইদি থৌনাফবা অচুম্বা ।
পারবা উনশানি, মাদি মীনি মী
মথৌ হকউত্রবা, মমী শামত্রবা মঙাল,
অঙৌবা অপাবা, লৈচিনগী দোলায়দা তোংহনা
পৃথিবীবু, মচু মমেন কয়া থোকহল্লিবা ॥
স্বর্গগী লৈকোন্দা, সুমহৎলবা কনাগী থম্মোইদা
খিংলি মন্দিরদা, লাইরা থোনথাংনা ।
সুংশিবা লৈনমদা, তেখৎনরকপা মশাশিংনা
পুক্নিংগী অপাম্বনি, সমুত্রাদা লুপ তুনা
লৈবাং, খুজোক থল্লা কৎনরিবা ॥
শাংকাইরো লৈরাং, য়েল্লরো লৈনম,
শক্লিনে ঐস্নু, থম্মোইনা পামজবা ঈশৈ ।
অহিংগী মতমস্নু হৌগ্রবা,
অযুক্তা পাইগ্রবা মনিলগুম্না,
লৈচিন ঃ ও মমহল্লো, অতিল্লা থল্লা
নোং ঃ ও চুথরক্লে মালেমদা,
জয়-জয়-জয়,

পাম্বেল ঃ ও মচু মমেন খিংহল্লো,
নোকহল্লো মালেম মুংশি মীনোক্তা।
মচুম ঃ ও চেম্বরক্লো, ঈশিং
পুক্লিং মরা চেৎনা,
ঈচেন নাইবা তুৱেন্দা,
তুংলরো পুকতপ্পী সমুদ্রদা ।।
লুপলে থম্মোইদি লুপলে,
য়োকপিরো য়োক্লা য়োকপিবো,
অকবা তাইবংপানগী সমুদ্রদা,
হিংজগে ঐস্থ নংতগী মঙালদা ।।

---

# "বাঁশী"

খোংলো মংগী বাঁশী
ফজবা ঈশৈগী স্বুরদ,
পেনজগে ঐগী থম্মোই
লুপচগে ঐগী পুক্লিং।

থাজগী মেংলবা ঈরোনম্নুংদা,
ইদোম পুক্লিং সুমহৎনা,
লুপচরিয়ে পুক্লিং মকালায়া,
নংগা বাঁশীগী স্বুরদা

ফজবা মুংশিবা নংগী শাথেক্লা,
ঐগী থম্মোইদি নংতনা হুহনা,
ময়ায় কল্লবা বাঁশীগী শুরদা,
তাওথরবা লুপ্পবা ঐগী হি
নংগী ফজবা ঈশৈগী সমুদ্রদা।

তাওহনবীরো, লমজিংবীরো ঐগী হি
অচিকপা তাম্বন নাইনা
খোংলো নংগী বাঁশী
মুংশিবা ঈশৈগী স্বুরদা।



লোইরবা